# পুন্সিগী চৈশু

অইবা

শ্রীবিশ্বর মণি সিংহ

**Punshigi Cheishu**

Written by Lisham Mani Singh
Tiddim Ground, Imphal

অহানবা কোঙবা :

মে, ১৯২



ফাওজবা :

অইবা

কাকৈথেল, টিডিম গ্রাউন্দ

ইম্ফাল মণিপুর

কোপী মশীং—১০০০

মমল রুপা ১৫'০০

নম্ফম : কে: কে: আর্ট প্রিন্টর্স, ইম্ফাল

হায় .ফাওথবা লাইব্রিক :— বুকথেংনবকপা বিজ্ঞানগী ওাবেং

জুন : ১৯৮২

# য়াওফম তাকপা

# ৱাহৈ খরদং

কবিগু খঙজত্রবা ননাই ঐনা গুরুগী খোঁজান্দগী ভনজবা খরদং থিজিনজন্তবদগী ফংজবা খরগা মীয়ামগী সেবাগী থমক তুংগী হৌরক্লিবা মীবোনগীদমক অমদি সমাজ অসিদা মীৎকুপ অমত্তং ওইরবস্তু মীয়ামদা কান্নবা ফংনবগীদমক "পুন্সিগী চৈথু" কৌবা লাইবিক মচা অসি ইজবনি আযাম্ল খবা যাম্নবস্ব থোক্লবদি পানিরিবা অমদি লৈনিরিবা মরুপ মপা শিংনা নুংশিনিঙ্না তাকপিরক্লবদি হৱাওনা চুমথোকচগনি অমদি পুন্সিদা শিংবা ভম্রোইদনা লমন কয়া 'শান-শিনজবে হায়না লৌজগনি পলনা ঐনা ভারতকা কাচিন কোয়া চংলুবদ ভজ্ঞাপক কযাদা হংলুবদগী ফজবা খরদং ইজবনি। লোয়নননা ভুংদা থোক্লকলনা কান্নবনা বাহৈ কয়াম্রুকস্ত থমজবি' লাইরিক অসি পাথাক্লনা হোংনজবা মতমদা অরা অনা থিদনা থবাই হকচাং যাওন মাতেঙ পাঙনিবকনিবা ওঝা গুরু মনপ-মপাং পুন্নমকপু থাগৎচবি অমসুং তানিমল খঙবা উংরি।

শ্রীক্লিশাম মনি সিংহ
কাকৈথেল, টিদিম গ্রাউন্দ
ইম্ফাল।

লাইব্রিক অসিদা য়াওব্রিবা মচংশিং অসিস্থু মুননা থনপক্করগদি অয়াম্বা Science গা Nature গস্থু য়াম্না নক্লনা লৈব' উহল্লী।

অইব' অসিনা হৌজিক হৌজিকমক ফোংলিবা চেফোং অসিগী মমাংদস্থু অমা ফোংথরে ত্তাজৈ যাম্না অকবা লাইরিক অমা ওইরমগনী নিংজৈ। শৈশকপা অমবু নাংমত্তা কাদনা ঈশৈ ওংলমলোই থন্দে মরম অসিনা ওমন না ঈশৈ শক্কদবগী অমদি ওন্দোবগী মতম ওাইহুনদা লৈরমগনী নিংজৈ। মহাক্কী কলম্না অমদি ধর্ম কায়দবা মী অমা ওইনা হৌজিক ফোংলিন অমদি হান্না ফোংখিবা অসিদগী হেন্না মমল য়াম্বা মীয়াম্না পাম্নবা মঙ্গল লৈবা লাইরিক ফোংব ওম্নবগীদমক্তা ঈশ্বরনা মহাকপু মতম লৈবা থিবিক্তা থৌজাল বংবা' ওইসনু।

Dr. L Deben Singh
Kwakeithel Leimakhujam Leikai
Imphal.

# ৱাহৌদোক

ইয়াম্বা লিসম মনি সিংহনা ইবা "পুন্সি চৈশু" কৌবা (মিংথোনবা) লাইরিক অসি অইবগী খুৎই শুইরিবৈদা অইবনা "পাউ" অহুগা "ৱাহৌদোক" ইয়ু হায়বদগী পাজখি।

লিসম মনি সিংহ মহৈ মশিংগী লমনা য়েংলুরবদি থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইদে হায়জনিংলিবদি ইয়াম্বসি মেট্রিকুলেট ফাওবা ওইদে। ইম্ফাল কলেজদা থবক তৌরম্লগা হৌজিক্তি থবগী পোথাদনা স্কোনগী ভক্ত অমা ওইনা চৎলবা পুন্সি অমদ তাউবি। লোয়ননা মহাক্লা মী ওইপোক্পা পোকলুববনিনা তুঙ্গী মীবোলগীদমক করিগুম্বা থবদি থমলগে থনবদগী লাইবিক ইনিংবগী ৱাথল পোকখি—সনা লুপ অতৈ লল থুমদি থাহুথক্তা মাঙখিন যাই—লাইবিক হাযবসিদি কোপী অমত' লৈরৌবদা, ওয়াম্বা মাংথবস্ন মওম পুথগী ওইনা, অইবগী ৱাথলশিং হিংতৌই। অসিগুম্ব ৱাথলশি অসিনা মাঙওইনহন। ইয়াম্বসিনা লাইবিক ইবা হৌথি মমা গী চহি থবদা মহাক্লা থবগী পোথাব্রিবৈদা 'হকথেংনবা বিভাগনগী ৱংবে' কৌবা লাইবিক অমস্ন ইহুনা ফোংখে।

লাইওইথ্রবা অইবা কযা অমগী হৌজিক হৌজিক মতমগী অইবা কয়ামগী বাংলা ৱাংলবা ৱাথল ময়াম অমা ঐথোয়না লাইরিকশিং পাকবদগী খঙই। ঐথোয়স্ন মথোইগুম্বা অইবা অমা ওইনিংই, অদুবু অইবা অমা হেক ওইবা য়াবা নত্তে। পিথোকলকপা গুণ অমা যাওদ্রবদি মমিং লৈবা অইবা ওইবা য়াদে অদুগা শৈরেং অমত' ইগে খন্না ইনরবস্ন মপু ফাবা ওমদনা তোকই। অদুবু ইয়াম্বা মনিসিদি মহাক্লা তান্নবা, উকবা থেংনকব' কয়াবু, অচুম্ববু ওইরে চুমদববু ওইবে

মহাক্না ৱাথলশি পনি চুম্না ইথোক্না লাইৱিক অমা ফোংবা ঙমগে, ঙসিস্থ 'পুন্সি চৈথু' ফোংবা ঙমলিবসিনি থাগৎনিংঙাইনি ইযাম্বসি অইবা অমা ওইনা

'পুন্সি চৈথু' কৌবা লাইৱিকসিদ' য়াওরিবা বাবেং-শি-সিগী রাহৈ বাত্তা ইচম চম্ম থবম ওইনমক থংনদ্রিবা মীওইশিনা পাবদা যাম্না কান্নগনি খল্লি। লাইৱিক অসিদ যাত্তরিবসি মকওইনা ইপা ইপুশিংনা হায়নবথা অন্ধবিশ্বাস থুদম অমত্ত পনবা তাবদা "থাংজ অমস্তুং মপোক নমিংত্তা শম অমদি থুজিল ককপা ফত্তে চুম্বা য়াই চুমদনা যাই—তৌইগুথম্ভুং থাজনৱিবা বাকম অসিনা উংলিবদি অবদা থনক [illegible] তৌগদবনি হাযবসিতনি। অমরোমদন হৌকিন্ন মগুমগী নহারোল অমদি মীওইবশিংসি ধর্ম্ম কম্মদা থোইদোক্না ঙবম্বু থওইনা থন্দবগুথা অমা ওইনা উকবদগী অইবনা ধর্ম্মগী ওইবা ৱাফম কয়ামস্থু বঙ্গালি লোলদা সংস্কৃত লোলদা করিগুথদা মাইতেংলোল য়াওবা মন্ত্র শ্লোকনচিংবা, করিগুম্বা গীতাগী পাউত্তাক কযা গবাইবা লোলদা ইরি। পাবদা কান্নগনি খল্লি।

হয়াম্ব মনিনা 'টিন অবতাব' কৌবা লাইৱিক অমস্থু ফোংখিনি হায়। অঙকপনি হব তৌরুবদি পংইদা ইনিংবা ৱাথল পোক-হনমান। ঙথবনা ইয়াথগী নিংবা পুম্নমক থুংহনবীবা পীনবীসন্থ হায়না প্রার্থনা তৌজবি

তাং ১১ ৪ । ৯৮ ইং

এঃ সিঃ মঙাং
ইম্ফাল,

# য়াহৌদোক

## তামনি, ইম্ফাল কলেজগী তা মনি

তা মনি কনানো ? অঙকপা নিপা অমনি। মাদি উপন্যাসতা য়াওব য়াম্না শাথিবা, খঙবা ভমদ্রবা চরিত্র অমগুম্বনি য়োংচাবীগী মতৌগুম মঙোন্দা হেক্তা নপশিনবা চীংশিনবা, ফাজিনবগী শক্তি অম লৈ। মীবু লায়না ওমহৎপা ঙম্বা মাগী তোপ-তোপ্প অঙকপা যাহ্ন অমা লৈ মানা তৌরিব ভাঙলিবা পুন্নমক ইরায় লায়বনি খঙনা খঙন মান হেক্তা ভর্মা, ঐথোয় হেক্তা মায়থিহৌই। অহুনা খল্লকই—মাগী তাং, ওইদবা যাহ্নগী মকমদা অশেংবা থম্মোয়গী মশেক অম লোত্তুনা লৈব্র। ঐঙোন্দদি মহাক অসে ভশেংবমক পাউখোং অমনি। চিল্লবা পুন্সিগী লানফম মরক্তা, বৃথিগী সাহিত্যগী কুংসবা থৌগাই মবও। নোংথাংগুম তা মনিনা ফুং লাউনা ফাওবকই, লাকই ঐথোযগী য়ুমদা। লাকপগী অকক্রুবা মতম লৈতে হকোম কোম্না মান। পুং ১/২ গী মতম হেক্তা লৌথি। মতম মাঙখিবগী পাম্মুংবা ভৌদনা, পুন্সিদা অহানব ওইনা ঐগী মুংশিবীগা রারী শাবা ফংবগুম কোম্নংদা মুংভাইনা ফাওরকথি। তা মনি কনানো ? খঙদে, ঐগা মরী থোক্লদে। অহুগা কন্নিগীনো মানা অসুক ওংলবিবাদি ? মীওইবগী মরী অঙকপনি ঐগী মাঙদা চাউববা, লুম্নবা রাকং, দাবী কয়া পুরহুনা লেপ্লথি মাগী দাবী হায়জব অহু ঐগী দেবতামকি রানী ওইনা খনথি।

তামনি- ইম্ফাল কলেজগী তা মনিনি। ছাত্র, ওজাশিংনা মাবু খঙদবা লৈতে মাবুগী থুদিংমক্লা লুনা চান্না তৌই। মাগী রারী

চৈন্তু কৌই। অহুবু থাগত্তবদি ঙমদে মানা ঐগী মাঙদা লেপ্পবা ঐনা কৈদৌঙৈদম্লু মীয়ামব ঙমজখিদে, মায় হায়বা ঙমখিদে। ঐনা থনখি - মসিনা অয়োয়বা ওইনা লেপললবা ওইরবস্লু য়াই। ঈশ্বরনা মাবু মত্তম পুম্নমক্তা শেম্নরিব, থৌজানবিব, ওইসন্নু মসিগী মতুংদা সংসারগী হৌনবী ওইনা মাগী অরোইবগী পাউ অমা ঐগী নাকোংদা শোয়দনা য়োরকনি নীংই। মচু তাবদা ঐহাক্কী থম্মোয় কায়গনি। মহুৎদমক ঐগী তূংশিন্দুনা থম্লিবা মিংকী পিশিং অসিগী মন্নুংদা তামনিগী শবক খাকুনা থম্নি

ইম্ফাল
এপ্রিল ৪, ১৯৯৮

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই।

চৈত্ত কৌই। অহুবু থাগত্তবদি ওমদে। মানা ঐগী মাওদা লেপ্পবা ঐনা কৈনৌঙৈদস্থু মীরায়বা ওমজখিদে, মায় হায়বা ওমখিদে। ঐনা থনখি মসিনা অরোয়বা ওইনা লেপলরবা ওইরবস্থু য়াই। ঈশ্বরনা মাবু মতম পুম্নমক্তা শেম্নরিবা খোঞ্জানবিব, ওইসন্নু মসিগী মতুংদা সংসারগী হৌনবী ওইনা মাগী অরোইবগী পাউ অমা ঐগী নাকোংদা শোয়দনা য়োরকনি নীংই মত্থ তাবদা ঐহাকী থম্মোয় কায়গনি মতুগীদমক ঐগী তূংশিন্দুনা থম্বিবা মিৎকী পিশি অসিগী মন্নুংদা ওামনিগী শবক থাক্তুনা থম্বি।

ইম্ফাল
এপ্রিল ৬, ১৯৯৮

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই।

# পুন্সিগী চৈশু

## ঈশ্বরগী দাগ অশিলৈ

ঈশ্বরগী নীংথিরবা স্লবনা লেংলি-পাল্লিবা জীব অমদি মীওইবগী ময়াক্ত অসি শেম্লিবনি। পুন্নমক ঈশ্বরগী নীংথিরবা লীলানি। ঈশ্বরনা াগী নিংথিববা তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়বু লমজিংবীবা ওইনা শিবগী খুদম [ দাগ ] হেক-ঙেক তাকপী। মসিবু "অশিলৈ" কৌই। খঙদবা তাইবঙমী থরন পংতাও ভাওহুনা মুংতাইবা শরুক াওদনা অৱাবা কযাবু মাযোক্লুরি। খরনা অৱাবা কয়াবু মশরুক ওইহুনা পুন্সি পান্দাম লোপ্লি খরানা অৱাবা মুংতাইববু শরুক যাহুনা পুন্সিগী মঙাও খঙহনা চিংলি। খুংশিরবা তাইবঙ মীওইবগী লম্বী [ দাগ ] অসিনা পুন্সিবু লোইদোরে হায়হনা রাগন্ন হাযনা অশিলৈগী দাগ অসিনা শিন্থারি। মসিবু তাইবঙ মীওইবদা তন্নপ্ননি হায়না লৌরম্মি। ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা যারিবা মখৈ অরোইবা নাৱদনা ঈশ্বরদা প্রেম ভক্তি কংচবা অসিনি।

অশিলৈ মথল অহুম শুই: অঙৌবা, অমুবা অমস্তুং অঙাংবা। হাযরিবা মচুশি ( দাগ, খুদম ) অসি হকচাংদা পরুকই মসিনা শিগদোরে খঙনা ঙম্মী।

১। অহানবগী অশিলৈ অঙৌবা দাগ শরুক মীওইবগী হকচাংগী মপানগী কয়াৎ কয়া মরুম হৌরকফম অমস্তুং ঈশ্বরগী খুদম পীদবা

য়াদনা পীরকপা অশিলৈ দাগ অঙৌবা হৌরককমগী মতম অসি নহা অঙ্গন নায়দে, লিচং শাজত্তগী অমসুং চিঙ্গাক্তগী হোংদোক হোংজিন খরা তৌই। চিঙ্গাক কাম্বাদগী মসি চহি নিফুদগী হৌরকই।

মসিগী মচুদি অঙৌবা ; পীকপা চাওবা নাইদে। খোঙ খুং, পুক, ন'গন্দ, অমদি মায়, মিংত্তা কুপ্পা টিকাগুম্বা ডাগ শাংনা পৈনা কুপ্পা খোল্লকই। চাওরাক্লা মসি চহী নিফুদগী ( ৪০ ) হৌরকই। ঈশিং মরি, অমাংবা মরি মীং উবগী চাং, না-তাবগী চাং অমসুং চানি'-থক্লিংবা ফাওরক্তবা, কুচু কুমেন ফংলক্তবা, রাহৈ রাত্তা ফজদবা অমদি রা ভাংবদা লুজদবা কয় অসি তৌরকই।

২। অশিলৈ অনিগুবা অমুবা দাগ :

অনিগুবগী অসিদদি চাওরাক্লা চহি ৭ /৮০ রোম শুরবা মীওই-শিংদা তৌই। মসিগী মফমশিংদি মীং, নাক্যোং নঙ্গন, মাই, মীং, খোঙ, খুং অমসুং অমুবা টিকাগুম্ব দাগ শা'না', পৈনা, কুপ্পা অমদি চা'পনা খোয়রকই। মসিগুম্বা মীওইশি দি চীনবানখোংদা খম্বগী চাং রাংলি লোযননা নীংশিংবগী চাংসু য়াম্না রাংলি। খুদম ওইনা হায়রবদা, হৌজিক ভোবা থবক কাওগল্লি। মসি মীওইবশিং অহনা চংপা মতমদা মখুং অহু হাইবা মতমদা তুংলোমদা হেন্না হাইরকই। অহুগুম্বা মীওইশিং অহু চহী ১৮/২০ লোম মপুন্সি কয়া শাংদে। ধর্ম্ম লৈবা মীওইশিংদি অফবা পাউতাক পীরম্মি।

৩। অহুমগুবা অশিলৈ অঙাংবা ভাক্তা :

মসি চহী ৮০/৯০ শুরবা মীওইশিংদি মখোয়গী খুত্ত, নঙ্গনদা মাই, মীত্তা অমসুং হকচাংগী অয়াম্বা শরুক্তা চেক মচুগুম্না অঙাংবা খরা

খন্না খোয়কই। অস্নুম তৌরবা মীশিংদি ইকাই ইকি কয়া থংগন্দে। মখুত্তা পায়বা পোৎ ফাওবা ভাবা খঙদে, চাবদা পোংকী মরেক মহাও কয়া খঙবা ঙমদে। মখুৎ অমম্মুং মশাদা মতম পুম্নমক্তা নীকই। মসিগী মওং অসি অস্নুম তৌরবদি মী অহুগী শিগদবা চহী অহু ৩/৪ রাংনিঙৈদা ফাওরকই। কনাগুম্বা অমনা লাও খোঙহনা কপই। কনাগুম্বা অমনা অপাম মুংশি কয়া থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী নাম তাহনা লৈবম্নু য়াওই। মরি মতা কয়াদা বিক্কানি। ইচাশা হিঙ্গোলগী চিথেক মরিগী লৈপাক খন্না পুরকউ, ইপা পুপ্রগে অনায়েক য়াওনু হায়না রারোল কয়ামুক হায়রম্বা য়াওই।

চহি ৮৫/৯০ শুরবা মীওইশিংদি অঙাংগুম্না তৌরকই। রাহৈ রাতা কয়া খঙলক্তে অমম্মুং হায়নি হায়রোই খঙদবা অমদি নীংশিংবগী পাজল লৈত্রে।

---

# পুন্সি চৎলমদাই মতমদা নুংঙাইবা রাখল

১ নীংশিংবা য়াই রামায়নগী মতাং অমদ। লক্ষন অমসুং মহাক্কা লোয়নরকপা শিংবুস্স থরায়গা হকচাংগা শিন্নরমদাইগী মতমদা গনধ মাধোপত্তগী শিদ-তিদাক হনুমান্না পুব্তুনা শুসেন কৌবা মাইবা অমন। সিদ-হিদাক শেমত্তনা লক্ষন অমসুং লাম্মী মন্নামগী পুন্সি বনখি। শিংগদবা লান্মীশিনা কবন্না অমুক হিংলক্লিবা। মসি শিরমদাইদা মুন্না খন্থবদ। নুংঙাইবা রাখল পোক্কদবনি।

২ অতোপ্পা ত্রেত যুগকী মতাং অমদা

নোংমা পুখ্রিদা শামু গর্জ। অমদি মহাক্কী খোংলোয় কযাগ ইশিং থকপা লাকখি। শামু অত্তুন ইশিংদা কুমত্তুনা ইশিং থক্লবা হোৎনরিবৈদ খত্তাদৌদনা লাইরেবা অমন, মখেত্তদা নোংশিন্দুন হাংননবা কোংবন্মী। শামু অতুনা মশা কনশংবা উপাই লৈদনা পুখ্রি অত্তুদা হৌরিবা থম্বাল অমা হৱগ ঈশ্বর মংলন নিঙ্গখি। মত্তুদা ঈশ্বরন চানবিত্তুনা মহাক্কী থুংলাই চক্র থাংকুম লাইরেনবু মথাই মাঙহনখি। মতুদগী মহাক্কী (শামু) অরাবত্তু লোক খি। শিরমদাইগী মতমদা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরল অসি অরাবা কোক্কনি।

৩। মহাভারতকী মতাং অমদ -

কুরুক্ষেত্রগী লানফম মপুংদা অর্জ্জুন অমসুং কৃষ্ণ দুর্না তোংলকপা রথ অতুগী শগোলতু মপুক লাংমকপা অদ মথোয় অনীন উবত্তুনা লুরবা তানজা অত্তুদ, থেঙ শাবাগা পুখ্রি শৌবি অত্তুগা রবা শাগোল অত্তুদা শক্তিক অমসুং ইশিং পীথকখি। মমৈ শাগোল অদু অরাম খৌবাংবা কযা কোকচত্তুনা মপুরিংদা নুঙাইবা অমসু অংংনবা ফাওখি। রাফমদি ঈশ্বংগী মফমদা পুক্নিং চঙনা সেবা তৌরবদি শিরমদাইদা অরাবা কোকই।

# বাইবংগী হুৎঙাইবা মরুপ

১। অপাম্বা লাইশঙ অমদা চঙলকপা মতমদা নত্রগা লাইশঙহৌদা ফম্বা মতমদা ঁহৈ রাহৈ অমম্বুং হৈ-হৈ মনম ফাওবকই। মবমদি লাইশঙ অসিদা চঙলকপদা ইশাদা অশাবা অমম্বুং অইংবা ফুং লাওবা অমা ফাওরকই চন্দ্রা, কোমলা, খেবোং, হৈনৌ, অবাথবীনচিবা অহুগা লৈহাউ, চিঙি চন্দ্রা, নাগেন্দ্র অসিনচিংবগী মনমশু ফংই। নাগেন্দ্রান ফাওন অমদি হাকচাংগী হন্দ্রি কযাম্বু হুঙাইবা ফংই। লোযননা ইশাদা হবাও তথাম্ব, মোন হুংঙাইবা কয ফাওবকই। মসি ঙবরগী কুপা ফবা খুদম্নি মন্দিরদা লাই খুকম্বদা ভক্তি য়াওদ্রবদি ক'বম্ব কান্নদে

২। কবিংখা মতম অমদা হায়নদি তযুক হুথিন, হুমিদাং নইববদা যুমলগী খোবকপা নম্রগা যুংলোমদ চঙলকপা মতমদ থং লাইমা। আমৃতন্দ নকু পক্কা নৈ অহুগা নাগ্রথোকদা যেংলকপা তারবদি মতম থব্রা লৈবগা লমথুম ফংবা ওই মসি অফবা মঙ্গলনি হায়না লৌনৈ।

৩ কবিগুম্বা মতম অমদা তযুক খুংখিল, হুংদাং খঙহৌদনা থাবৌ, ভাংলৈ, দাংখোক কযাশিং অসি থে নবা নত্রগা থৈনবা য়ামনা ফে মথোনশ অসিনা কবিগুম্না কান্দা মকোক থাংগশুনা জগোষ শাহনা লৈরম্বা খে নবা থোক্লবদি অমদি তুবং শমহুন চংখিব ওইরবদি খেনরিবা মাওহশিং অহু হুমিং থবনিগা মম্ন দা খুদোং চাবা ফংই।

৪। লাইবক, নাতোন, খুংবাক যায়দা মবেং, মরেং চংপা অহুগা হকচাং মথুংদগী হুমাং শৌগংলকপা নত্রগা কোক্তগী হুমাং তোপ-তোপ ভারকপ, খোঙপাক্তম্বু হুমাং চোং, চোং লাওবা হায়রিবশিং অসিগী নওংদা লৈবা তারবদি শেল ফংবগী খুদমনি।

# শিবগী খুদম খুদক্তা শিবা

১। ঈশ্বরনা পীরকপা লীলাগী মরক্তা মীওইবত্ত অমনি। মীওইবনা শিরমদাই মতম য়ৌরকপগী খুদম থরা থরা ভাক্লি—খুদম ওইনা হায়রবদা গাড়ীনা তকুনা, মুম মথক্তগী ভাহনা, মৈনা চাকুনা অমস্যুং নোংমৈনা পান্দুনা শিবা হায়রিবশিংসি খুদক্তা শিবা কৌই।

২। মীম্মিং ১৫ রোম নত্রগা মীনিং ৩০ রোম য়াংলিজৈদা মীহুগী মখোঙ অনিহু লোমজরগা কোকত্তা হায়গৎলগা অমস্যুং খুং অনিহু কোকতা থাঙৎলগা য়েংবদা কোক অমস্যুং খুজেং অহু তংকনি।

৩। ঐখোয়না তুম্বদগী হৌগৎলগা কোক নোম্থরগা থোং অনি অহু ফাক্তোক্লগা য়েংবদা কোক্কী শরুক্তু য়াওরমত্রবদি মী অহু শোয়দনা শিরগনি হায়বা য়ারে।

৪। অত্তোপ্পা খুদম অমনা ঐখোয়গী থম্মোয মনি অনিহু ফ্রং-ফ্রং চোংলবদি অমস্যুং খুজিন্নচিংবদা মুশিন মুশিল্লকপা থোক্লবদি মী অহু মীনিং ১০ নত্রগা মিনিং থরগী মন্নুংদা শোয়দনা শিরগনি হায়বা য়ারে

৫। মী অকনবা অমনা শিগদবা নোংমা নত্রগা নিনি য়াংলিজৈদা জীব মচাশিং অমস্যুং অপাইবা উচেকশিংনা হায়বদি মোংবা, মোংবী, ক্বাক্, মকু অমস্যুং শেন্দ্রাং হায়রিবা উচেকশিং অসিনা মত্তেং অমস্যুং খুদম কয়ামুক পীরি

৫। খুদমদি :—ক্বাক····ক্বা খা আ আং মশা থপতুনা খোংবা

মকু····হে নাহেবা

মোংবা···পিউই পিউই খোংবা

মোংবী····টিং টিং খোংবা

শেন্দ্রাং····চেং চেং চেং খোংবা

অসিগুম্বা থংবা ভম্বগী মতোং অসি অপাইবা উচেকশিংদি মশানা শিন্নবি হায়বা খঙজে। মীওইবশিংদদি জীবশিংগী মরমদা থিজনবা মী থরদংনি। মরম অদুন' মীওইবা হায়বসি শিগদৌরিবা মীদুগী হকচাংদা কাং, তুমিং, থোয় অপায়বা উচেকশিং তান্না-তান্ননা থোংই। অমুম তৌরবদি শুংশোই শোয়দনা নো.ম' নিনিদা শিন্ননি হায়বা খঙলো।

৬। হুন্নানবনা লবুক্তগী অহিংদা লৌ শাওরগা পুথিব নত্রগা চে ফুদগী চে' কোংপা মীওইশিং অদু পুন্সি শা'দে চহী ৪০/৫০ দগী হেনদে।

৭। যন, হামেং, ভুই, হৌদোং অতে কয়ামুকসু হুরাল্লগা লৈবা মীশিংদু অমদি হাৎলগা চাবা থোক্লবদি চারিবা মীশিং অদুন শীবমদাঈদা শাশিংনা থো.বগী থোঞ্জেলগুম্বা থোংই অমসুং পুন্সি শা'দে হায়বদি চহী ৫৭/৬০ দগী হেন্দে।

৮। টি বো, পুংফাই, তোকনিংখোক অসি হিংথোলদা য়াম্না ফজনা হৌবা ফত্তে, শেল থুম অনা-অয়েক থোকই অমসুং ইকাই ইকি নংবা মতম থর লৈরগা থোকই।

৯। অরাথবী পাম্বীগী মরা খুমদা চংবা ফত্তে মরমদি লোক খুবা, কোক্ চিকপা, খ্বাং নাবা অসিনচিংবা তৌই। হৈজিং ফারবা অরাথবী পাম্বী মহৈশিংহু লোয়নমক কেনবা নত্রগা মরা ফুক্না তুবা। কেক্লবদি ইমু' অত্তুদা ইকাইবা চোপ্পা শেল-থুম চৎপা করিগুম্বা কান্দা শিবসু য়াওই।

১০। ভাইবং মীদ অচৌবা খুদম খর পী মহুদি বৃন্দা দেব অমস্তুং তুলশি দেবী ইমানা য়ুমলোমদা ওনশিল্লবা অচৌবা মশ কংলবদি ইমুং অতুগী মীওই অমা ইকুই কুইদনা শীবা থোকই অমদি মশিদা নত্তনা অতৈ কয়ামুক অরাবা লাকই অমস্তুং তুলশি দেবী ইমানা খংহৌদনা এনা-মতোন কংলবদি ৎমচদা ইকাই ইবি নংই শেল চৎলি অমস্তুং মী শিবস্তু য়াওই।

থাংজা মুমিংত্তা শম, খুজিন ককলবদি ফংবে অমস্তুং অক্নে জর্মাবাবদা তারবশিংদা শম, খুজিন ককপদি পুংস শাংদে অমস্তু নিংবা থুংদে।

য়াইঙং লৈপাক-হরাই, মংজু, শিঙ, তিলহৌ, চানম, লোংনী খবা-খবা চাববদি অন অযেক পুম্বা কোকই হাযনা শুকশিন চেৎনা খুম্না থম্মী।

# গুরুশিংগী পাউতাক

থাইনা মমাংঙৈদা ওঝা গুরুশিংনা থবক ওইনা চেল্লম্মি হায়বদি লৈপাক্কী ওজাগুরুশিংনা অহৈ অশিং তান্নরগা কান্নবা পাউতাক কয়া থম্বাম্লম্মী মপা-মপী অনি হায়বদি লৌনা লৈনগদৌরিবা মীওই-শিং অতুগী জন্ম কুথি চানৈ চানদে য়েংথোক্লগা অক্কবা ফত্তবা থঙলগা পুন্সিগী অরা মুংঙাই কয়ামুক্কী চৈথেং খংব ঙম্মী। মীওইবগী পুন্সি অসিদা অরা মুংঙাই কয়া লাক্নে নরিবা হায়বদি য়ুমপানবা, লুহোংবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম চংপা মপা-মপী অঙনা য়াম্না চাওবা শংসার অমা মাযোক্লরিবনি।

মীওইবগী পুন্সিগী অহানবা য়ুম পানবদা লমজিংবশিংনা লান-থেংনবা ঙমদনদি কান্নদ্রে হায়বদি যেকম মনুং য়াওদবগা চপ মান্নে। খুদম ওইনা হায়রবদা মমিং থা ফংদনা লুহোং খোংদোং তৌবা য়াদে, মরমদি নোং নত্রগা লৈচিন্না কুপশিনখ্রবা হায়বদি মংশা ফংদবা উকমদা হৌবা যেঙ্গাং নাপীগুম্বনি। গর্ভা লৈখ্রবা মপী অমস্নুং মপী অতুগী মপা অনিমক্না তৌবোইদবা থবক্তি ইনচিংবা, লোং খোনবা অমস্নুং খোয়চোম্না, লোংগুপ তান্নবা তৌবা য়াদ্রে। অঙাংতুগী মশাদা শোইনাইবা কয়ামুক লাকই। মীরোনবা মপি খংনচৈনবা, খোন কন্না ঙাংবা রাঙাং শঙাং কোচি কোংপা অসিনচিংবা য়াদে। মরমদি হকচাংগী শিংলি ঈগী কয়াক্ত অকাপ্পবা লাকই। তিলকাং উচেক রায়া হাংপা য়াদে। লম লাপ্না চংপা য়াদে হায়বদি লোংগুপ মমুংদা লৈব ঙাগুম্বনি। ওঝাগুরুশিংনা কাওবা য়াদে। রাহৈ অসি লৌত্রবদি তিনখংগী তিনখংগুম্বনি। মপান শাদনা মহৈ

য়ানবা হায়রিবা রাহৈশিং অমসুং রাক্ষম অসি সম্‌গ্রগুম্বনি মরমদি বশন্ত ঋতু লাক্লিভৈদা গর্ভ লৈগ্রবদি অরাবগী কোথঙা নল্লবনি। হায়বদি মপা, মমা, নত্রগা মচা শিবা অমসুং মপা নত্রগা মচা বন চৎপা মীরৈগাক্তা লৈখিবা মীয়োনবি মীশিংনা থরায় নুংভাইতবা নিংশিংনা কপ্পা-কপ্পা নৌহৌননা কপ্পা ফত্তে। খ'হৌদনা হকখি থল্লবদি মীয়োনবী মুপী অহু শোয়দনা শিগনি। হকখি থনবদা মুংগী ঈশিং, নপ-তিন, মুংশিং অমসুং অমাংবা য়াওরবদি খ হৌদন। যমগী য়্রম য়োরগনি।

কোক হাকংচরবদি শম কেল্লি, শেল চংলি নিং চোংলবদি মী থংনৈ, যেংকী মীৎ চোংলবদি ঐনা ঙম্মী, ওইগী মীৎ চোংলবদি মীনা ঙম্মী, থজাই চোংলবদি অমসুং হাকচরবদি শেল ফংই, থবাক চোংলবদি মী শি, পাম্বোম মরু চোংলবদি অনাবগী পাউনি, ফৈইগন চোংলবদি মুংশিবগী শক্তম্নী। খুৎবাক হাকংচবা চোংলবদি লন থুম ফংই, খোংপাক হাকংচরগনা লম চৎপগী থুদমনি। মীংল্ড্রা শমক্রু খুংলবদি অফবা নত্রগা ফংতবদ। ফাওই, থুবাক খুংনমদা শক্রু থুংলবদি শেলদি থোকই অহুবু শেলদি পাইদে।

রাহং ১। কনাগুম্বনা থুদোং চাগ্রে হায়তুনা মুমিদাংদা ঈশিং শোকপা ফত্তে।

পাউ:—শোকে থল্লবদি নশাদা হকী ঈশিংনা তৈশিল্লগা শোক্লদৌরিবা পুখ্রি নত্রগা তুরেন্দুদা লৈতুম অমা থাদরগা শোকদবনি। চেকশিনগদবা অমনা থাংমৈ অমা পাইগনি, অহুগা পুখ্রি

অহুদা কোক্কি মমি তাবরা য়েংগনি, তাত্রবদি শোকম্নু মরমদি মতম থরা লৈরগা শিগনি ।

ৱাহং ২ । মচা পোকপদগী নত্রগা নীংবা কাইবদগী লাকপা লাইনা মীপাই থীবাইবি লায়না করম্না ফহনগনি ?

পাউ :—অসিগী লায়না ফনবগী তিদাকত্তি তামু অহিংবগী মধুক মমুংদা শামু লমবেল হাপচিল্লগা মৈদা লৌরগা চাক্কা শোংলগা চারবদি মীপাই থী কাইবা লাইনা অসি অমুক হন্না নাদ্রে।

ৱাহং ৩ । পুক চক্রিং হায়বা লাইনা অসি চাবোকপী মুপীশিংদা তৌই ।

পাউ :—মসি ফংবা তিদাক্তি ইন শেগায়বা অহিং মুংখিল নাইদনা মতম থরা শেংলগা ফৈ ।

ৱাহং ৪ । ছাক চাবদা পুকথম থক-থক নোমচনা চাবা অমস্মুং কপতুনা চাবা ফত্তে ।

পাউ :—মরমদি বুদ্ধি লৌশিং শাংনা থম্নবা ৱাংলি অমস্মুং চাক্তা পী তাবা পুন্সি শাংদে ।

ৱাহং ৪ । লাই থেংনরোই হায়রবদি কন্নি বুদ্ধি লৈবগে ?

পাউ :—লাই থেংনরোই হায়রবদি ইশাদগী ( হকী ) ঈশিং চাইশিল্লবদি মাংই হায়না গুরুশিংনা ইথোক্লম্মী অসিদা নংস্তনা য়ায়ঙং, তিলহৌ মকক্তা ইমা ইপাগী ফী মচেং য়োম্নগা পুরবদি লাই চঙদে ।

রাহ° ৫ থাংজা মুমিত্তা শম খুজিন ককপা ফত্তে।

পাউ: থাংজা গুমিত্তা শম-খুজিন ককলবদি পুন্সি শাংদে অমস্তুং অত্তে মপোক গুমিংত্তা পোকপাগু পুন্সি শাংদে অমস্তু নিংবা থুংদে

রাহ° ৬ থারান মীচাকী মবক্তা খংহৌদনা নিংথৌ তুরে-থোক্লবদি ফত্তে

প.উ: খংহৌদনা নিংথৌ তুরেল পোক্লবদি থিনগী ফমনাইদ অমা শিনি চহি অমাগী মনুংদা

বাহ ৮। অহিং অমা লেল্লবা চাক চজিক্ক ককচেং অজাংবা মচাং চলবদি চাবা যাদে অশি করিগীনো ?

পাউ:—চাবিবা মীহুদা অনাব কযা লাকই হায়বাদ মহুং হকচাংদা পুক গুশিং কাবা, লেংবা, থীনবা, লোকখুবা, লাইহেংদ অমদি কোক ভাওবনচি বা লাইনা কংামরম লাকই। মশি এসিডক শকক খর য়াওই।

রাহং ৯। ইংথোল মনুংদা ভারেন খোই শাবা ফত্তে মং করিগীনো ?

পাউ:—ভাইরেক্ত খোই য়ুমদা অমস্তুং ইংথোলদা মহুম শারবা ফত্তে মরমদি লাই শওবশিংগী মচ মশুনি হায়নৈ লন থুম মথে ভাই অমস্তুং চহি খরগী মনু দা ইমুং ইমুং অহুদা অশি অনা লাকই গুকশিংনা চরা হেল্লগা নাম কূর্ত্তন তৌ হায়বদি নাম শোল্লগা নাং কিত্তন পাংথোকপা বড়া থাও মনুংদা চংহল্লগা পুনশিন্দুনা মৈ থাব অর্জুনগী খন্দাবন মৈ থাবা হরিবল্ল হরিবল্ল (৩) লাওবা।

রাহং ১০। নাগেশ্বর, কেরা চিনিচম্প্রা য়ুমগী অকোয়বদা থাবা য়াদে মশি করিগীনো ?

পাউ:—মতুগী মরমদি হায়রিবা পাম্বীশিং অসিগী মথক্তা অমদি মখোংদা লিন অশংবা য়াম্না হু কল্লবা লিনমখল অসি চংলকই। মখোয় অতুনা কেরা নাগেশ্বর অমদি চিনিচম্প্রাগী মহিশিং চুপতুনা লৈ অমদি সৈরিক চাই মতমতুদা মী চঙলুববদি মীগী অশঙবা লিনতুনা চিক্লবদি খদক্তা মীদু শি। চিকলমদাইদা পীই কীই কঁই হায়বা খোঞ্জেলনা ১/৭ খাংগনি।

রাহং ১১। য়েক গোত্র ত্তিন্নবা য়াদে ?

পাউ: মরমদি লৌন লৈনবিবা মীওইশিং অতুনা পোক্লকপা অঙাংশিংভু মীওই চাদবা, শিবা-নাবা নংগল্লি। মমা মপা অনিগী মরক্তা অমা শিবা নাবা য়াওগল্লি।

রাহং ১২। লৈকায় অমদা অনিশুনা লুহোংবা য়াদে মসি করিগীনো ?

পাউ:—মতুগী মরম মশি য়াম্না ফত্তবা অমনি হায়বদি লুহোংলিবা অনিতুগী মরক্তা অমা শোয়দনা মতম থরগী মমুংদা লুহোংলিবা বর কৈগ্যা অনিগী মরক্তা কায়নবা নঙ্গগা শিবা থোক্নি। মতুগী মরমদি মতম অমত্তুদা তরি শংস্কৃতন অনি (২) ত্তোবা য়াদে মসিগুরুগী পাউ-ত্তাকনি কাউগন্থ।

রাহং ১৩। ইশ্নোল মমুংদা মঙ্গে, গেহোরি থাবা য়াদে মসি করিগীনো ?

পাউ :—মসিগী মরমদি ইংখোল অহুদা লৈরিবা মীওইশিংহু খংনা চৈনবা থোকই পুন্সি ভেন্সি অহুগা অনা অয়েক কয়া মকম মরাং খংদনা নাই। মচা মও অমা অনিদগী হেন্না পোকনদে লোয়নননা য়ুম কৈ থাদোক্নুনা চংপও য়াওই।

ৱাহং ১৩। ঐখোয়না মী শুকলৈ লৈত্রিবা ইংখোলদা লৈবা য়াদে মরম করিগীনো ?

পাউ :—মী শুকলৈ লৈত্রিবা ইংখোলহুগী লৈমায় অহু ফুট ১২ অমা মথায় মুক ভোৌরগা লৈপাক্নু মহাও ভংহুনা য়েংবদা থাবা নত্রগা শিন্নবদি লৈবা য়াদে অহুগা অমনা মহাওহু থুম্বা নত্রগা ফক্লবদি লৈবা য়ারে। অতোপ্পা খুদম অমনা ইংখোলহুদা লৈত্রিভৈদা ফৌ মরু খরা হুন্দুনা য়েংগদবনি। ফৌহু হৌরকপা মতমদা ফৌহুগী মচুহু অপিকপা অঙাঙবা মচু হৌরব্রবদি লৈবা য়াদ্রে অহুগা অচৌবা অমুবা মচু ওইরবদি লৈবা য়ারে। খংগনি অতোপ্পা চাংয়েং অমদনা খুমু অনি পুংবা চুপনা উপু মসুংদা মুমিদাং খুদিংগী থবদা শিররা নত্রগা মীনা হুরানথিবা থোক্লবদি মফমহুদা লৈবা য়াদে।

ৱাহং ১৪। পোকপা কুইত্রিবা অঙাং হায়বদি চহি অনি (১) নত্রগা অহুম লোম শুবা শিংবু খুবিনা মথজাইদা নত্রগা খুবাক্না চপশিন্দুনা থাঙ্গৎপা থাদবা হায়-হুমনা শারনীয়োইদবনি মরম করিগীনো ?

পাউ :—অশুম ভোৌরবদি অঙাংহুগী কোক অমদি রাখল চোইরকই অমসুং মীভোন্দা হায়নি হায়রোই খংদবা রাহৈ কয়ামুক য়াওরকই খংদবা রাহৈ কয়ামুক য়াওরকই শমসু মরৈসু লোমলকই।

ৱাহং ১৪। কনাগুম্বা মীওইশিংনা অঙাং অমগী মশাদা মুংশি হায়রুনা খুংনা চক-চক থিন্দুনা লক্লবা ফত্তে। করিগীনো?

পাউ: মরমদি অঙাং অহুগী চাওদম থিহল্লি অমসুং ঈগী ঈচেন্দা হায়বদি মমুংগী ওইবা ঈ কয়াত্তা ফত্তবা ওইরকই। মপুক্সি শাংদে।

ৱাহং ১৫। অঙাংদ' চৈ কিহনবা ফাদে ৱাহৈনা 'কিহনবা পাউতাক ওইনা তাকপা অহুনা তেম্না কৈ। করিগীনো?

পাউ:- করিগুম্বা মতম অমদা অঙাং অহুনা য়ুমদগী পোং-চৈ লৌথোকপা থুগায়বা থোক্লবসু মতুংদা তৌদনবা কান্নবা পাউতাক কয়া পিহুনা অঙাং অহুবু ভাব তানবা তাকপিরবদি মতুংদদি মীংনা হেক রে'বদা ভাব হেক্তা ভাগনি।

ৱাহং ১৬। অঙাংদা য়াম্না থিনা ফত্তবা ৱাহৈ শিঞ্জিন্নহুনা চৈবা তৌরোইদবনি। করিগীনো?

পাউ: -অঙাং অহুগী মশাদা অকিবা অখংবা পোকহল্লোইদবনি হায়বদি অঙাং অহুনা কিহুনা চেনথিব' নত্রগা থক্কুনা চেনথিবা থোক্লবদি অঙাং অহু চাওদম থিহল্লি। লোয়ননা অঙাং অহু অফবা মী ওইবা ঙমদে অমসুং অফবা ৱাখল কয়া ( মমি ঙমদে ) ম'ম ভাবগী শক্তি ৱাংহল্লি। ফুখিবা চৈরাক অহুনা অঙাং অহুগী কোক্তা চংখিহুনা ফত্তবা ৱাখল ওইনা লাকই। মমাম্নবশিগী মরক্তা তিনবা মতমদা মশাগী ৱাখল পুথোকপা অমদি মশাদা তনিক-তনিক্কুনা হায়নিংবা ৱাহৈ কয়াম্নু হায়বা ঙমদে।

ৱাহং ১৭। মমা ওইবীশিংগী অমৃত অহ্ মৈদা চোঙথবদি কত্তে করিগীনো ?

পাউ ঃ—অহুগুম্বা মমাশিং অহুগী অমৃতা অহ্ নোংমা নোংমগী কংশিল্লকনি ঃ অহুগুম্বা মমাগী অমৃত অহ্ থক্লিবা অঙাংশিং অহুগী মশাহ্ শোনহল্লি অমস্তুং চাওদম থিহল্লি অংগা নিঙাই চেনবা অমস্তুং কপকনবা মীওই হাযবদি শোনদম নাদম্লবা ওই অমস্তুং মমাশিং অহ্ মপুন্সিগী অমৃত্র থোক্লরোই।

ৱাহং ১৮। অঙাং নত্রগা অহন অমস্তুং মমা নত্রগা মচাশিংনা মৈদা মপান থোকচিল্লবদি কত্তে। করিগীনো ?

পাউ ঃ—মৈদা মপান থোকচিল্লবদি অমস্তুং অঙাং অহুগী অথিবম মতোন অহ্ ইবং লংহল্লি নিক-নিক লাওবকই অমস্তুং পোমথোরক্কনি। অহুগা কুচু মাংহল্লি, মশম-মনা কয়ামুক কেনহল্লি

ৱাহং ১৯। মপা-মমা নত্রগা মীরোননীনা, মীরোনবাশিংনা পাংথি কোমথি, পুখ্রি, তুরেল খোংবাল-লুপান অমস্তুং ইনচিংবা লোং-খোনবা, খোই চোথ্রং লোঙউপ, তানবা অসিনচিংবা তৌবা য়াদে করিগীনো ?

পাউ ঃ ভাক্রো, ভমু, পোরোম, উকাবি অত্তৈ জাংকি ঙা কয়া ফাবা ফত্তে। মরমদি অসিগুম্বা কয়াশিং অসি ফারবদি অশোক অপন কয়া নংই পোক্লকদবা অঙাং অহ্ কুচু, মুই, শোন্দম্লবা মশা ফত্তবা, মরোন থোক্তবা, মীগা মীমান্নদবা শওং শদা ওইনা পোক্লকই পুন্সি শাংদবা লোয়ননা মখোং নামমা চিংবা, মমীৎ শেপ্পা, খুদম

এইনা হায়রবদা অঙাং অহ্নু হেক য়েংবদা তুকৎচবা হৈনদবা ওইনা পোক্লকই। অঙাং অহুগী পুন্সিহু শাংঙবদা চহি ৩০ দগী হেনগন্দে।

ৱাহং ১০। মুপি নত্রগা নুপাশিংনা চাক চারিতৈদা নত্রগা চানা চানা অমগী মখুৎনা চাক তোৎপা নত্রগা ঙা লৌবা হায়বসি য়াম্না ফত্তে। করিগীনো ?

পাউ:- হায়বদি কবদ্ধা থবক্তি হাযবদা লৌরিবা অহন নত্রগা অঙাং অহুগী মবি-মত্তা যাম্না নকনবা মীওইদা মতম খবগী মতুংদা খুদোংথিবা ফগনি। নত্রগনা মখোং শোয়নাইবা, মমিং তাংবা, মনা, পংবা অসিনচিংবশি থোকল্লি নত্রগা ঈশিংদা খুদোংথিবা থোকই অহুগা শিবস্ন যাওই

ৱাহং ২১ তুলশীবোন ময়া নত্রগা অঙাংগী নাওকুম ফুমবমদা ই-হৌদোংনা হোগায় থিনগায়রবদি ফত্তে। করিগীনো ?

পাউ :—য়ুম অহুগী অঙাং নগ্রগা অহন হায়বদি দশা-পাংদবা, খুনা থিবা, শোন্দম নাদম্বা, অনা অয়েক কযা থোকল্লি নত্রগনা শিবনা হেননা য়াওই

ৱাহং ২২। পোকপা কুইদ্রিবা অঙাং চহি অনি নত্রগা অঙম-শুরবা অঙাং অহুগী মচিন অমস্নং মযাদ। চযিং তোংলবদি ফত্তে। করিগীনো ?

পাউ :—পোকপা কুইদ্রিবশিংগী নুমিৎ নিনিগী মমুংদা অঙাং অহু নাবা থোকহল্লি অহুগা খংহৌদনা য়াঙচিংবা অমস্নং শিবগু য়াওই।

ৱাহং ২৩। অঙাং মমা হায়বদি অঙাং থোম খায়নদ্রিবী মুপী অহুগী অমুত্র থোকফমদা চিকপা, পাম্বোম মক চিকপা ফত্তে। করিগীনো ?

পাউ :—অসিগুম্বা হায়রিবা মওংশিং অসি লৈবা তায়বদি হায়রিবা মুপী অমত্তু মুমিং নিনি হুমমিগী মঙ্গ্যদা অনা অয়েক থোকহল্লি অমস্সুং মাংজোননা পাও পিরি

ৱাহং ২৪। মপা মমা, ওঝা গুরু মমাংদা থোংগ্রায় চন্না কমলগা চাবা য়াম্না ফত্তে। করিগীনো ?

পাউ : অসিগুম্বা মীশিং অসি লোয়ননা ৱাঙাং কমজাও হুনবা ৱাহৈ খোনকম চৌম্বা, থ'ম্বায় হাযগৎপা অসিনচিংবশিং অসি তৌবা মীওইশিংদি মপুন্সি চহি ৪০/৫০ দগী হেন্না শাংগন্দে।

ৱাহং ২৫। অঙাং চহি অনি (২ মাক্রিসা অঙাংবু মুপীশিংনা ইরুজরিবা, মচাবু মশুবু মুংশিহ্নবা মথুংনা পাযরগা অঙাং অমত্তু লংথং লংদা শান্নবা ঈশৈ ওইনা ত্তিং ত্তিং চাওবে' শবিনা কারিবৈ কাহৌবে মুমিংনা ৱাংলিংঙৈ ৱাংহৌবো ইপা মচুম তারো ইপ্ন মচুম তাবো হায়হুনা শান্নরিবশি য়াম্না ফত্তে কবিগীনো ?

পাউ : হায়রিবশিং অসিগী অর্থদি অঙাং অমত্তুগী অমাঙবা মিন্নবা ফ্রু-ফ্রুং চোংব অমত্তুনা অঙাং অমত্তু কপহল্লি অমস্সুং অঙাং অমত্তুদগী থোক্লকপা মনপ মন্তিন চোংথ্রবদি মম অমত্তুগী মশম কেল্লি। মরম অমত্তুন অঙাং অমত্তু ওবা, ফাইবা তৌই

ৱাহং ২৬। ঐথোয়না কবিগুম্ব থবক অমা চৎলমদাইদা থুদো' চাগম্রা নত্রগা চারোয়ম্রা য়েংগে হায়রবদি কবম তৌগনি ?

পাউ : ঐথোয়না য়ুমদগী থোক্লকপদা মৈত্তান রায়, অমস্সু লুখাক উরবদি নত্রগ থেংনরবদি থবক অমত্তু মঙ্গোপ ওইরবোয়। উচেক

উটিনা ওনা খোংজুনা লৈতৌরবদি অমম্ভুং লিল্লা য়ে লমলগা শমথ্রবদি লনক মঙ্গাল ওইগনি।

রাজং ২৭। হৈরা পাম্বীগী মথক্তা পাল্লিবা হৈ অমু তেক্তুনা মথক্তা থক চাবোইদবনি মতু করিগীনো?

পাউ:—মরমদি মথংগী চরিদা তিনচাবা, কংবা, খোকই অমম্ভুং উ-হৈদুগী পাম্বীদু কুইনা পুল্লি শাদে।

রাজং ২৮। মতুগী ছত্র ওংপা ফত্তে মরমদি করিগীনো?

পাউ: মরমদি মথংগী চরিদা শিরিবা ইমুং অতুগী মীওই অমবু শোয়দনা শিগনি।

রাজং ২৯। ইয়িং খোয়াম্বীনা য়ুমদা চংবা ফত্তে করিগীনো?

পাউ:—মরমদি মংখোয়না চলবদি চংলিবা মমতু অনা অয়েক কল্লি থ ৬/৭ গী মতুংদা মীশি-সাইগী পাউনি কাউগনে।

রাজং ৩০। মমগী মমা, মখাদা উ, র. ঈ থম্বা য়াদে করিগীনো?

পাউ:—মরমদি হায়রিবনিশিং অসিগী মকমদা চহি ১/৩ থমলবদি অনা-অয়েক শেংনা চংপা অমম্ভুং মী শিবগী খুদম লৈ।

রাজং ৩১। লুক, তৌরোং মম. শুরালগা চাবা য়াদে করিগীনো?

পাউ: হাংলিবা নত্রগা চাবিবা মীশিংদু পুল্লিগী অবোইবা মতমদ শাশিনা খোংবগুম খোংজুনা শী ইমুং অসিগী দশা য়াম্না ফত্তে হাইরিবদি মীওইবগী পুল্লিগী অবোয়বা মতমদা য়াম্না রাগল্লি শিগল্লী।

ৱাহ ৩২। য়ুমগী মপান্দা চরাং মশিং নাইদনা পাইবা ফত্তে করিগীনো ?

পাউ ঃ—মৱমদি ইমুং অহুদা মী অত্তোপ্পশিংনা শেল থুমগী মৱমদা নত্রগ য়ুমগী পোৎ চৈশিং গুরানগদবগী থুদমনি।

ৱাহং ৩৩। চক্ষু উযান্দা মৈবি মৈভাল থোক্না চাক্লবদি করি থুদমনো ?

পাউ ঃ—মহুগী থুদমদি অরাপ্পা লমদগী হাযবদি মবি মত্তাশি মত্তম শবগী মহুদা ইমু অহুদা থুংলবগনি হাযবগী থুদমনি লোযন। ইমুং অহুদা অর অনা নংগল্লি মীনশু যেশিল্লি।

ৱাহং ৩৪। লিন হাৎপা যাদে কবিগীনো ?

পাউ ঃ— মবমদি লিন হাৎলিবা মী অহু লিনগী মমিৎনা মী ত্তাহৌই মবম অহুনা অত্তোপ্পা লিন অমনা লাক্লগা শিল্লিবা লিন মগী মমিৎতগী মী অহুগী শক্তম অহু লৌরগা হাৎলিবা মী অহুদা লম শিংবা লাকই।

ৱাহং ৩৫। মনিং লোমদা চুমথাং থল্লবদি ফত্তে কবিগীনো ?

পাউ ঃ—চহি অহুদা ঈশিং চাউবা মী শিবা অমসুং শা শিব, অন অযেক য়াম্ন থোকই।

ৱাহং ৩৬। শাণ্ডাগী ঈশিংনা হুকচাংদা চোংবা অমদি তৈহুন কুইনা লৈবা ফত্তে করিগীনো ?

পাউ ঃ—মহুনা হুকচাংদা কুইনা তৈহুনা লৈথ্রবদি মত্তম থরগী মমুংদা ইশাদা অত্তোবা পকলকই।

রাহং ৩৭। অহিংদা তনদন, কৌজেঙ, তিনবোঙ. উটিন খোংলবদি করি ফল ফংই ?

পাউ :—অহিংদা তনদন. কৌজেঙ. তিনবোঙ, অপাইবা তিন অমসুং উটিন খোংলবদি অহন. নক্রগা অঙাং নাবা. মথি কাইবা, মশা শাগৎপা অহুগা ইমুং-মমুং খৎনা চৈনবা মতম খরা লৈরগা থোকই।

রাহং ৩৮। য়ুম পান্ত্রিবশিংনা ঙাক্সিন লৈনা চাবা কৈ, কিনা চারবদি ফত্তে করিগীনো ?

পাউ :—ঙাক্সিন লৈনা চারিবা মীশিং অহু অপাইবা মুংশিং হায়বদি লোক লাইহৌ তৌবা লাইজাও থোকপা. ফুরি লাইকোইন-চিবা মথল মথা কয়াগী অপাইবা লায়না চংদে লোযননা লাইরেন শক্তিকশু চংদে। কিন চারবদি মহাক্কী হায়রিবশিং অসি ফল ফংদে।

রাহং ৩৯। কেরা পান্মীনা করি-করি খুদম পীবগে ?

পাউ : কেরা পান্মীদি কুম-তমই, লমতা থাগী নোংমাইজিং নুমিত্তা নোং চুরবদি লেপতনা পা অমরোম চুই অহুবু ঙাইহাক্তি লেপই।

রাহং ৪০। ঙানু, কাংঙা, খুনু, য়েনচ্রেম অমুবি, লফু-মেমত্রা অসিনচিংবা পান্মী অমসুং উচেকশিংসি য়ুমদা লোইবা অমসুং থাবা মতমদা লোইরিবা থারিবা মীশি হু মুংহনবা য়াদে করিগীনো ?

পাউ :—হায়বদি গুরুশিংনা লোন্না থুপ্না থমবিরম্মী হায়রিবশিংসি মুংপা তারবদি অনা অয়েক লাকই মুত্রবদি তৌরুবা থবক মঙ্গল ওই।

রাহং ৪১। রাকচিংদা ফৌ থাইবা য়াদে করিগীনে ?

পাউ :—মসিগী অর্থদি য়ুম্ন পানগনু হায়বনি।

# চীংদা চৎপদা খওজিনগদবা

১। কবিগুম্বা চীং চৎপা মতমদা হায়বদি চৎতবা য়াদবদগী চৎপদা খওজিনগদবা অহানবদা মুংগী ঈশিংনা মাই-মিং, কোক্ কযামুং চাইথোক্কদবনি অগুম্না চাইথোক্লবদি লাঙ-ত্তিন কথামুক চংবা ওমদ্রে

২। চিংদা চৎপদা খুদো খিবা নংবা থোকপগু যাওই কবিগুম্ব মতমদা উদা, য়াদ ৫ ত্তৌ, শি ৫। অতৈ কযামুক্তা খুদোংথিবা থোকহল্লি। মসিদা নত্তনা তাংলৈ মচা অমম্তুং নাঙ্গিন অপাইবী কযাম্ম তারকই মীগু শি।

৩। উ অপুম্বদা কংলায়েন শৌবা ৫কপা যাদে মবমদি নাচংথরগী, নাচন, বৃশ্চকশিনা খুদোংথিবা থোকহল্লে। মসিদা নত্তন শিবা ফাওবা য়াওই। কব্রিগুম্বা মতমদা লিবেন লিপাম্বী অচৌম মকা অপুম্বদগী লিন মচাশিংনা চো থোক্লুনা খুদোংথিবা কযা নংঙি অমম্তুং শিবম্ম যাওই।

৪। উ য়ানবা মতমদা কোঙা কোয়েৎ নত্রগা টুপি উপতুনা হংগংনা য়েংখৎপদ, টুপি ৫ত্রগা কোয়েৎ অহু তারবদি উ অহু য়ানবা য়াদ্রে। অতোপ্প অমদনা উত্তগী পয়া অমনা য়ানগদৌরিবা উ অহুদা কাশিল্লগা থনম্লগা মথ গী গুম্বিৎতা য়াওব্রমত্রবদি উ অহু য়ানবা য়াদে। য়োৎপীনা যৈশিল্লগা থনম্বা উ পাম্বী অহু নোংঙাল্লগা য়েংবদা য়াওব্রমত্রবদি উ পাম্বী অহু য়ানবা য়াদে মরমদি লাই তোংঙম ঊনি।

## খঙজিনগদবা কান্নবা খর

৫। ইংখোল মপুঙদা উ থাবা য়াদে উগী মমিংদি কেক্রু, পাংগোং, মনাহী, মঙ্গে, হবিখাগোক, বোকুল, নাগেশ্বর উথুম, ভাইরেন, যাম, লৈহাউ, শগোলহিদাক, নিম, ইংখোলদা থাহৈদে অমসুং মপুং ফারগা ব্রজা তাই অমসুং থরাই, লাকপি উচেক খোংঙৌ অহুগা মঙমসু শাই লজা, নকুকাক, তোঙই।

৬। হামেঙগী শঙ্গোম য়ান্না কৈ। চহি অমগী মপুংদা অমুক থক্রবদি তিন কা' মহুপানবনা চিকপদা মহু ময়াই ( ফায় ) মাংহল্লি অমসুং হকচাংদা কান্নবা কয়া পী।

৭। চাক তোক্লগা খুবাক, খুনম, খুংশা হায়রিবশিং অসি হনজিন-হনজিন লেকুনা শান্নরবদি লৈ নাদে, চীনবান চেংথায়দে মসি খুংশা হানদোকত্রিভেদা। তৌগদবনি অমসুং খুংশা হামদোক্লবা মতুংদা খুং অহু তৈথোকত্রিভেদা কোকত' হঙ্গিন-হঙ্গিন ভেশিল্লবদি পোক তৌদে। মসি নুপী মপ অনিমক যুম পান্দ্রিভেদা তৌগ'বনি।

৮ অঙিংদা উহৈ-রাহৈ অমদি মরিচংপা হায়বদি কমলা পাম্বী, কৈনৌ, থৈবোঙ লোয়নন' মাইরেন, খোংক্রুম থামেন, মরোই, মপাং অসিনচিংবশিং হেকপা ভুরানবা য়াদে। মরমদি হুরানখিবা অহুগী মথংগী চহিদা পাম্বীশিং অহু কংশিকল্লপা নত্রগা ওল্লকপা চহিদা মহৈশিং পাল্লোই

৯। মশা লেংদনা খুপীশিংনা মহৈ-মরোং, হেঞ্জাং নাপি হেকপা য়াদে। মরমদি মথোয়ন হেকলূিবা পাম্বীশিং অহু তিন চংবা কংশিনব' তৌই।

১০। য়েঙ্গাং নাপী মরু মরাং থারমদাইদা কাক্লা মরু ওইব রাহৈ তপ্পা-তপ্পা কা অা কা হা ২/৩ খোংলক্লবদি পোৎ অদু থারুবর অরেম্বদা মাংগনি অমম্নুং নোংচুবা, তিন ভাবা থোক্কনি।

১১। নুপী অনি হায়বদি অনিত্তুগী মন্নুংদা অমনা গর্ভলৈরবা অদুগা অমনা মশা শেংদবা হায়রিবা নুপী অনি অসি চাক পুন্ন চামিন্নবা য়াদে। মরমদি গর্ভ পুরিবা নুপী অদু ইথোং কাইবা নত্রগ মশা শেংদবা নুপী অদু গর্ভ পত্তি ওইবা হায়রিবশিং অসিগী মন্নুংদ অমদি শোয়দনা থোক্কনি।

১২। অঙাং পোক্লবা মতুংদা ঐখোয়না অঙাংগী খোইরি অং হেক্তা ককপা য়াদে। অঙাং মমাগী নাওফমদু ফজনা তারক্লবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা অঙাংগী খোইরিদু ককনি। মরমদি অঙাং নত্রগা মমা অনিগী মন্নুংদা থক্তা ঈ হায়গৎলগা শি।

---

# উচেকশিংগী মরোল খরা

ইশানা থিজিল্লুবদগী ফংলকপা উচেক্কী মপুংফারবা লৈকম উদয়পুর, (ত্রিপুরা) অমসুং বৃন্দাবনগী গোকুল ব্রর্ম্মাগী কালৈর' হায়রিবা মফম অহুম অসিদা মপুং ফানা উচেক লৈ। উচেকশিংনা ঐথোয়দা পিরিবা খুদম হায়বদি মীওইবশিংদা খুদমশিং কয়ামরুম উচেকশিংনা শিবা চংবা খঙনবা খুদম পী উচেকশিংগু পুন্না রারি রাতাই অমসুং খন্নবা তৌই মথোয অসি মাগী মাগী কাঙলুপ নাইনা লৈ।

## য়াইকাইরেল

শজিবু = উচিনাওনা শজিবু থাদা য়াকাইরোল পী।

কালেন = কালেন্দনা চবোয়না পী।

ইঙ = উথুম্না ইঙাথাদা, বৃন্দাবনদা উমাঈবিনা য়াকাইবোল পী।

ইঙেন = নোংঈৌবি'না ব্রর্ম্মাদা

থারান = কাক্না থারান্দা য়াকায়রোল পী।

লাংবন = শলংকাক্না লাংবন্দা যাকাইরোল পী।

মেরা = খুন্নুনা মেরাথাদা য়াকাইবোল পী।

হিয়াঙ্গৈ = উতবিনা হিয়াঙ্গৈ খাদ য়াকাইবোল পী।

পোইন্নু = চোংঙানা পোইন্নু থাদা যাকাইরোল পী।

রাকচিং = ক্রোক ক্রোক = বৃন্দাবন তেনরা।

ফাইরেন = শেন্দ্রাং ফাইরেন থাদা য়াকাযরোল পী।

লমতা = খোযনিং = ত্রিপুরা ভিংগোং কাংগোং।

অমুকাকয়েন, লঙজা, কাক, উবোক, রাইনু, নোঙ্গৌবি ইশাদা মথিত্তাবা য়াদে, পুন্সি শাংদ্রে। শাদা ওইরগা চহি ১ অমা উ, রাদা থা ১০ মুক, নাপিদা নুমিৎ ১৭ নিরোম পুন্সি তেল্লি।

# ক্বাককী মরোন

১। নোংঙাল্লে অঙাংশা হৌগৎলো করি পাউতাকনো রাম-রাম শোনবা কা ...... কা মশা ফুপা রাম রাম শোনবা শিবগী পাওনাঁ

২। কাক্ অসিনা মথারোমদা উ, রা, মুমথক্তা তোংলগা মঙক নোম্মগা ক্বাক অসিন হায়রকই গু-গাক্-গু গাক্ হায়না থোঙই মসি শেন থুমগী ফংবগী খুদমনি।

৩। ক্বাকনা উ, রাদা তোংলগা মশিং নাইদন। ক্বাকনা তোক তাক ভোক ভাক কাক মচিন তৈথোকপা অনাবগী পাউনি কাওগনু

৪। মমান্নবা কৌবা কাক-কাক-কাক

৫। লুহোংবা অমম্মুং মুংশিনবগী খুদম বুভাক-বুভাক থোঙই

# চৌঙাগী মরোল

১। চৌঙাদি অমত্তা লৈতে অনিশুনা লৈ অমগা অমগা কাইনবা শিবা থোক্লবদি মথোয়গী মরোলদ, থোংই পিউ-পিউ-পিড থোই অমম্মুং কপ্পী।

২। করিগুম্বা মতম অমদা শেন-থুম ফংবগী খুদমদী চেক্লিং ক্রিং হায়না থোঙই।

৩। হৌদোঙ নত্রগা লিন লাকলবদি মথোয়গী মরোলদা ক্রে চে হায়না থোংই।

৪। ইমা ইমা চেক-চেক হায়না থোংই। পাইরমদাইদা পুং হায়রগ পাইথাঁ।

৫ লৈকায় অমম্মুং ইমুং-মমুং থংনবা চৈনবা তৌই। চোঙানা গেং-গেং কুইং-কুইং পিতা পিত কুহু চংলশী হায়না থোংই।

# ঈরুজবা মন্ত্র

. । ওঁ শাঙ্গম ( সমুদ্র ) গঙ্গা, যামুনা, স্বরসপ্রত্রি গোদাবরি, নর্ম্মাদায়, কাবেরি, সিন্ধু, ভৈরাবি, গোমুখোক যথবী, বৈটারনী, ইরাবত্তি ব্রহ্মাপুত্র, পুন্নমক খুকমজবা।

১। বৃন্দাদেবী ঈরুজবা মন্ত্র ৩। রাই ত্তেখা।

ওঁ গোবিন্দ বল্লভাং দেবী ভক্তচৈতন্য কারিনীম
স্নান পয়ামি জগদ্ধাত্রীং বিষ্ণু ভক্তি প্রদায়িনীম।

৩। তুলশি টুরা শাট বনদে লেপোয়ামী শরেব্বর ত্তিরর্থ ফলং

## অর্থ ধ্যানং চন্দোন থিনবাগী মন্ত্র

ওঁ কস্তুরী তিলকং ললাট পটলে বক্ষস্থলে কৌস্তুভং
নাশাগে গজমৌক্তিকং করতলে বেণুং করে কঙ্কনম
সর্ববাঙ্গে হবি চন্দনং সুললিতং কণ্ঠেচ মুক্তাবল্লী
গোপস্ত্রী পরিবেষ্টিতো বিজয়তে গোপাল চূড়ামনি
ফুল্লেন্দীবর কান্তি মিন্দুবদনং বর্হাবতংসপ্রিয়ং
শ্রীবৎসাঙ্ক মুদার কৌস্তুভ ধরং পীতাম্বরং সুন্দরং
গোপীনা নয়নোৎ পলা চিচতনুংগো গোপ শঙ্খা বৃত্তং
গোবিন্দং কলবেনু বাদন পরং দিবাঙ্গ ভূষং ভজে

## বৃন্দাসেবা

বৃন্দায়ে তুলাশী দেবী প্রিয়াযে কেশব শিশা কৃষ্ণ ভক্তি
প্রদেয় দেবা সত্যাবত্যৈ নম্যো পুরুমজবা

মনা হেকপা খুবাক অহুমক খুবা

ও বৃন্দা দেবী জগৎ চৈতৈন্য কালিনী স্নান য়ায়া অমি
জগৎ ভক্তি কৃষ্ণ ভকটি পদায় নং সদাবরত্ত

পাবানগীদা হাইরগা পুনিমা অমাবশ্য, দ্বাদশী নুমিৎশিংদা
তুলশী মনা হেকপা য়াদে।

## গায়ত্রী শোনবা মন্ত্র

ক্লীং কামদে বায় বিদ্মহে বিত্ত্য পুষপ বনায় ধীমহি
তন্নো ন্নো হনঙ্গ প্রচোদয়াৎ।

# দশাবতার স্তোত্রম

প্রলয় পয়োধি জলে ধৃতবানসি বেদং।

বিহিত-বহিত্র চরিত্র মখেদম।

কেশব ধৃত মীন শরীর জয় জগদীশ হরে।

ক্ষিতিবিহ বিপুল তরে তিষ্ঠতি তব পৃষ্ঠে।

ধরনি ধারন কিনচক্র গরিষ্ঠে।

কেশব ধৃত কূর্মশন রীর জয় জগদীশ হবে।

বসতি দশন শিখরে-ধবনী-তব-লগ্ন।

শশিনি কলক-কলেব নিমগ্না।

কেশব ধৃত শূকররূপ জয় জগদীশ হরে।

তব কব কমল ববে নখমভুত শৃঙ্গং।

দলিত হিরনং কশি পুতনু ভৃঙ্গম।

কেশব ধৃত নরহরিরূপ জয় জগদীশ হরে।

ছলয়সি বিক্রমনে বলিমদ্ভুত বামন।

পদন খনীর জনিত জন পাবন।

কেশব ধৃত বামন রূপ জয় জগদীশ হরে।

ক্ষত্রিয়রু ধির ময়ে জগত পগভ পাপং।

স্নপয়সি পযসি শমিত ভবতাপম।

কেশব ধৃত ভৃগুপতি রূপ জয় জগদীশ হরে।

বিতবসি দিক্ষু রচন দিক্‌পতি কম নীয়ং।
দশমুখ মৌলি বলিং রমনীয়ম।
কেশব ধৃত দাশর থিরূপ জয় জগদীশ হরে।
বহসি বপুষি বিশদে বসনং জল দাভং।
হল হতি ভীতি মিলিত যমুনা ভম্।
কেশব ধৃত হল ধর রূপ জয় জগদীশ হরে।
নিন্দসি যজ্ঞবিধের ২১ শ্রুতি জাতং।
সদয হৃদয় দর্শিত-পশু ঘাতম।
কেশব ধত বুদ্ধ শরীর জয জগদীশ হবে।
ম্লেচ্ছ নিবহ নিধনে কলযসি করবালং।
ধমকেতুমিব কিমপি করালম।
কেশব ধৃত কল্কি শরীর জয় জগদীশ হবে।
শ্রীজযদেব কবেরিদ মুদিত মুদারং।
শৃণু সুখদং শুভদং ভদসারম।
কেশব ধৃত দশবিধ রূপ জয় জগদীশ হরে।
বেদানুদ্ধরতে জগন্তি বহতে ভূগোল মুদ্ধিভতে
দৈত্যান দারয়তে বলিং ছলযতে।
ক্ষত্র ক্ষয়ং কুর্ব্বতে।
পৌলস্ত্যং জয়তে হলং কলয়তে।
কারুণ্যমাত ম্বতে।
ম্লেচ্ছান মুচ্ছয়তে দশাকৃতি কৃতে কৃষ্ণায়।
তুভ্যং-নম:

# মঞ্জুরীগী মরোল খরা

১। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে,
হরে রাম, হরে রাম রাম রাম হরে হরে,
ললিতা শ্রীরূপো মঞ্জুরি থৌরি ( দবি ) কৌই।

২। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে
বৃষাক্ষা রোয়ু মঞ্জুরি মৈথুণী কৌই

৩। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে,
হরে রাম হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে
চিত্রা আনন্দ মঞ্জুরী কৌপিন কৌই।

৪ হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম হরে হরে,
বত্রন মঞ্জুরী ইন্দুরেখা শগনি কৌই

৫। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম. হরে হরে হরে
চম্প্রাকা লতা বিলাসথ মঞ্জুরী খুজ্জাগ কৌই

৬ হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে
হরে রাম, হরে রাম রাম রাম, হরে হরে
প্রেমা মঞ্জুরী চৈগু কৌই

৭ হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে,
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে
মধু মঞ্জুরী তুবি কৌই

৮। রূপো মঞ্জুরী, তুংগোবিষ্টা, ্দেবী কামা মঞ্জুবী বিষ্কা হরে কৃষ্ণ রাম হরে বুলি দন্দ থম্মোয়দা হ, র, শ ( রাধা গোবিন্দ ) ওক্রীগোপীজলা বল্লো মপান্দা সখী মঙুংদা মঞ্জুবী ( আত্মা ) ভাই খাঙ্গা অরোইবা মতমদা ক্লীং

য়ুম পানবশিংনা নোংমগী মুমিৎতা ঈশৈ পৎদা মতেক অমা শকনি। ইশাগী থম্মোয় নুংঙাইহল্লু ইন্দ্রি ময়োন চোংহল্লি অনা অমেক লৈতে।

# গীতাগী মতাং খরা

## বিষাদ যোগ ১

১ গীতাগী পাউতাক ১৮ থক

হ মীওইবা নপুন্সিগী থবক তৌরমদাইদা অত্তৎপা লৈতনা অরাবা ? তনা মুংশিববা নমা নপা, নতু, নচিন, ননাও অমসুং মকপ মপাংন- চি স লল থুম পুখা থাদোকতুনা শিনগদবা মওংদা অরানবা থিদহুনা অচুম্বা রাথল খল্লগা মীনা ওমুদবা অওকপা থবক তৌরকই। অহানবা অধ্যায় সংসারগী রাথন্দা লুপ্পা মীদি ওমহৎ লানা পুনবদগী পঙথহুনা মশাগী তৌফম পোকপা খোদাং কাউথোকপনি।

২। শাংখ্য যোগ অনিশুবা (২)

গীতাগী পাওতাক নশাগী তৌফম খোকপা নপা, মমা, নতু, নচা, থাকপগী থবক অচুম্বা মওংদা মতিক মগুণ চানা য়াম্না কন্না নোমহুনা আত্ম জ্ঞান লোয়নবা মশক খঙনবা হায়বদি নশাগা থরাইগা লৈনরিবা মরী খঙননবা হোৎনৌ।

হকচাঙ্গা আত্মাগা খেন্নে অত্তুনা আত্মাগী শক্তম অমস্তুং শায়োন খণ্ডহনা ভগবানগী মফমদা তৌজবা মশাগী ওইজথিদবা সেবাগী পাম্বৈনা মশাবু শকখঙজবা মীশক ওইযু।

## কর্ম্ম-যোগ অহুমশুন্সা (৩)

৩। গীতাগী পাওতাক আত্মা জ্ঞান লোয়নবা মশক খঙবা অতৎপা লৈতনা খনবগা লোযননা অহেনবা পাম্বা বাখল থা'দাকতুনা তৌফম পোকপা থবক তৌহনা সুমবানবা মতিক চাহন্দুনা অতোপ্পা মীগীশু মত্তং পাংউ কাউগনু নখৌ থাদোকনু তৌবতদি ভগবানগী পেন্নবা তৌবা থবক্তনা অবান খুঙম দিব্যজ্ঞান অমসু ভগবানবু ফংগনি

## জ্ঞান কর্ম্ম-যোগ মরিশুবা (৪)

৪। গীতাগী পাওতাক আত্ম জ্ঞান লাযনবা মশক খঙনা তাকপিনবা গুরু নাইবগা অাহনবা পামবা থাদোকতুনা তৌফম পোকপা থবক পুম্বা তৌ কাউগনু ঈশ্বরগী জ্ঞান ফংবদি ওইজনথিদবা সেবাগী পাম্বৈননি ঈশ্বরগী জ্ঞান ফংনবা পাম্বৈনি সৎগুরুগী চরন্দা চঙজরগা ফংননি।

## কর্ম্ম শন্ন্যাস যোগ মঙাশুবা (৫)

৫। গীতাগী পাওতাক আত্মা জ্ঞান লোযনবা মশক খঙবা ওইবগা যুম্বানবা থাদোকতুনা মীগী তেংবাংবা মতেঙ থবক তৌবা নহুগা অহেনবা পাম্বা রাখল থাদোকতুনা তৌফম থোকপা থবক পুম্বা তৌ মপাম্মোংদদি সংসারগী থবক থৌরম শুনা পাঙথোক্লবসু মঙ্গংদদি থবক্কী মহৈ থাদোকপনা অশিংবশিংনা শান্তি ফংজে নুংঙাইজে।

## ধ্যান যোগ তরুকশুবা (৬)

৬। গীতাগী পাওতাক যুম্বানবা থাদোকতুনা লম্বোইবা নত্রগা হেন্না পাম্বা বাথল থাদোকতুনা থবক তৌবদা অরাবা লৈতনা লাইনা তম্বনি হায়না পুক্লিং চপ লেপতুনা তৌফম থোকপা থবক তৌ। পুক্লীং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিনবগী অ়াযৌবা মতাংদি সমাধিদা লেঙদনা লৈরবা মতমচু তদনি।

## জ্ঞান যোগ তরেৎশুবা (৭)

৭। গীতাগী পাওতাক অহেনবা পাম্বা বাথল (লৈনা) থাদোকতুনা থবক তৌরগা নবুংঙোতব ততুনা নিংথুনা পুন্নমক নখোয়গীনি হায়না খল্লম্বা নপুক্লিং অচু নখোয়গী নত্তে নবুংঙোগী ঙাকুনি হায়না মপুক্লিংদা তিন্নশিন্দুনা নবুংঙোতবু ততুনা ম্নংশিযু কাউগদু শ্রীকৃষ্ণন পুন্নমক্তা চৌফন লোইক্লিম্বি মসি খঙতুনা পুথ্যাত্মাশিংনা মঙোন্দা চঙজরবসু পাপ আত্মাশিংনদি মঙোন্দগী থৈত্থনা চংলে।

## অক্ষর ব্রহ্ম যোগ নীপালশুবা (৮)

৮। গীতাগী পাওতাক অহেনবা পাম্বা বাথল থাদোকতুনা তৌফম থোকপা থবক তৌবগা অত্তংপা লৈতনা অপাম্বা লাইশোন অমা শোনবগা লোয়নবা স্বব পুমংলেপ লেপতুনা অষ্ট-দর্শন লোয়নবা মশক উবা ফংনবা হোৎনৌ। পুন্সিগী অরোইবা মীৎকুপ্তা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবীবা মংদো লেপ্পমক ভগবানবু ফংজবনি।

## রাজবিদ্যা রাজগুহ্য যোগ মাপলশুবা (৯)

৯। গীতাগী পাওতাক খ্বাইদগী অহেনবা অংগাইবা ওইবা লোযনবা মশক খঙবা অমসুং উসা ফংননবগী থবক মতৌ মখল মখলনা

থন্নুংদা নাম শোন্দুনা লোয়নবা মশক উবা ফংননবা হোংনৌ। জীবগ ভগবানগা লৈনবা লেঙম্রবা মরীহ্ ভক্তিগী পাম্নৈনা নৌহৌননা শেমগং পত্নুনা ভগবানবু ফংজৈ

## বিভূতি যোগ তরা শুবা (১০)

১০। গীতাগী পাওতাক থন্নু দা নাম শোনবা নম্রগা পুক্নিং লাক শিন্দুনা অবেপ্পা লৈতনা অত্তমক্তুদা স্বব পুমলেপ লেপখিত্নুনা ভাঁগি ভাগ্নি ত্তৌবা মঙাল অংা ফাওরকুবা লাক্নৌ। ত্তাইবঙদা মীয়থংই মীহেল্লিবা মাদো ভগবানগী শক্তি চঙবনি থঙঙু।

## বিশ্বরূপ দর্শন যোগ তরামাথোই (১১)

১১। গীতাগী পাওতাক নমিং চইশিন্দুনা থন্নু দা নাম শোনং নম্রগা পুক্নিং লাকশিনবগী থবক মতৌ অত্নুনা কংশিংসনবদগী মা পুমলেপ লেপখিত্নুনা মপানগী বাথল মাংখ্রগা থঙহৌদনা থন্নু পুমভাল হ্রাল্লকত্নুনা মপানগী মুমিং থা নোথক তপাল বাপাম অমসুং নশানা ফমজিবা মফম য়াওনা লোয়নমক মশক উবা ফংনন হোংনৌ। শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্বরূপ দর্শন পীত্নুনা কো দোক্নসু মাগী অশেংবা শক্তমদি মীওইবগী শক্তম মানবা রূপ অসিনি থঙঙু

## ভক্তি যোগ তরানিথোই (১২)

১২। গীতাগী পাওতাক থন্নুংদা নবুংঙোগী অশেংবা মশক থঙলহ্নন। টবা ফংজববদি ভাইব পানদা উন্নিবা পুম্নমক নবুংঙোং ওইনা টরক্লত্নুনা নবুংঙোবু মুংশিবু যোগ সাধনশিংগী মখুঙদা পুমথোই থোইবা ভক্তি যোগ চংলিবা মাদো জিবাগুননা লৈত্তেংগনি অমসু ভগবানবুসু ফংগনি।

## ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ তরাহুমদোই (১৩)

১৩। গীতাগী পাওতাক থম্নুং মিৎ উইশিল্লগা নবু'ঙোগী শকতম উন্নিবা অহুগুম্না মিৎ পা থোক্লবস্তু লে'দনা উবা ফংননবা নপুক্লিংগা নশাগা তোঙান তোঙান থাইদোক্লগা নবুংঙোদা নপুক্লিং পুমনপ লুপশিল্লু হকচাংব আত্মাবু অমস্নুং পবমাত্মাবু খঙবা মাদা অবান খুভম ফংবা শোযন্নবনি

## গুনত্রয় বিভাগ যোগ তরামরি (১৪)

১৪। গীতাগী পাওতাক মতম পুম্নমক নবুঙোতবু নি হুনা চানিংবা, নপাম্বা আশাওবা, অওকপা, মকিন, অব্রাবা, নুংশিবা, অমস্নু' নুংঙাইবা অসিনচিংবা গুন পুম্নমক থাদোক্লগা অসিগী বা মদা নপকি' ইহাং হান লৈমু গুন অহুম্না পুনবা মী অমস্নুং পুন্দবা মনি মশক শেংনা খঙনব তোংনৌ।

## পুরুযোত্তম যোগ তরামঙা (১৫

১৫ গীতাগী পাওতাক খুম্বানবা হাযবা মাযা অসি থাদোক্লনা শাম্বাইবা নল্লগ মুম্বানব মায়াগী বাখলতবু থাদাকতুনা পুক্লিং ইহাং হানা পুম্নমক্লগী অথোইবা ওইবা নবুংঙোতবু নিংউ বেদ শাস্ত্রগী পাওতাকি সংসারগী থুবোদগী নাস্থোক্লবা হাংনবা অমস্নু' কুম্ভবু খঙবা অসিনি মাবু খঙব মীদো মওান্দা চঙজে।

## দৈবাপুরুম্পাদ বিভাগ তরাতরুক (১৬)

১৬। গীতাগী পাওতাক পুম্নমক্লগী অথোইবা ওইবা নবু ঙোতবু খল্লগা নং ফরগা লোইরে হায়হুনা মীগী মাংননবতা খল্লম্বা পুকচেল থাদোকতুনা তক-তরুবা পুকচেল অশেংবা ওইমু নিয়ম নাইবা

পুন্সি লেল্লিবা শাস্ত্রগী বাকম ইনরা মখোয়দো শিদ্ধি কংই অত্তগা মশাগী অনীং অনীংবনা চিংহুনা মচীং মশোন নাইনা খবক তৌবা মখোয়দো অত্তোনবা মপোক্তা পোক্লু গনি।

## শ্রদ্ধাত্রয়ো বিভাগ যোগ তরাতরেৎ (১৭)

১৭। গীতাগী পাওশাক তাইবংপানগী থবক পুম্বা নখোয়না তৌরিবনি হায়না অচুম্বা ওইনা পাজব ওম্বা নপুক্লিংশিং অত্থ খাদোকতুনা নবুংঙোতবু অচুম্বা শংশেংবনি হায়না থাজবা ওইয়ু। প্রকৃতিগী গুন মতুং ইন্না থায়বিবা থাজবা মখাদা অশ্রমগী মম্বঙদা সত্বগুনদা শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না থবক তৌজবিবা মাত্তনা ভগবদ্ভক্তি কংহৈ

## মোক্ষ-সন্ন্যাস যোগ

১৮। গীতাগী পাওত্তাক নপোকভৈদগী হিংননবা হোৎনবিনা শাক্তং-লিচৎ পুমবা পুমপা খাদোক্তুনা নত্রগা পুক্লিং খাদোকতুনা পুম্মকুগী অথোইবা নবুংঙোদা চংকতুনা অরানবা খুবম ফংননবা হোৎনৌ। অস্লম তৌনা গীতানা তাকপীবিবা পাওত্তাকশিং, অসি থসক অমম্তুং শাক্ত-লিচৎতা শিজিন্নদনা চুম্নগী রাতৈ গীতা পাও চিনফা পুরনদি থোইদোক্লা অর্থ খঙবতনদি মহাও থাইনা খঙলোই গীতাগী পাওত্তাকশিং অসি নশানা থবক ওইনা শিজিনৌ ত্যাগ তৌবগী অর্থ খঙবা অমম্তুং অথাকপা। লৈত্তন ভগবানগী চরন্দা মশাবু পুমকং কংচবনা পাপ কর্ম্ম পুম্বদগী নাংস্তাকপীগনি ভগবানমু ফংজগনি।

---

# রাম তর্পন

একং শাস্ত্রং দেবকী পুত্রগীতম
একো দেবো দেবকী পুত্রেব
একো মন্ত্র স্তসং নামানি যানি
কর্মাপে কং তসং দেবসং সেবা

মীপুম খুদিংনা ইনগদবা শাস্ত্রহু ভগবানগীতনা ওইসনু জগৎসিনা খাইদগী অথোইবা দেবহু দেবকী পুত্র শ্রীকৃষ্ণনা ওইসনু অমত্তা ভাযবা মন্ত্রহু হরিনাম মহামন্ত্রনা ওইসনু অতুগ জীবশিনা তৌগদবা অমগা ভাযবা সেবাহু ভক্তি প্রেমগী সেবা অসিনা ওইসনু।

রাম তর্পন ও আব্রহ্ম ভুবনাল্লোকা দেব য
পিতৃ মানবাঃ তৃপ্যন্তু সপ্তদ্বিপ নিবাসিনাম
ময়াদত্তেন তোয়েন তৃপ্যন্তু ভুবনত্রয়ম

## মন্ত্রসি সোনবা

মায় নোপোক ওল্লগা যক্তবা লাই-তিন ভূৎ প্রেতা চারো চারো হায়না কথোকপা অসিগী মতুংদা ইশাগী গোত্রগী মমিং হায়রগা ইপা, ইপু পুমমকী মমিং কয়ামুক হায়রগা কথোকপা।

.(0).—

